মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী মতেংগা লোয়ননা ফোঙজবা

অহানবা থুংনম : ওক্টোবর ১৯৯৩

নমফম : ভাগ্যবতী কার্য্যালয় সগোলবন্দ মৈনোলৈরক ইম্ফাল — ৭৯৫০০১






অফোঙবা :

অরাম্বম সমরেন্দ্র

সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল ৭৯৫০০১

মমল : লুপা ২০/-

মৈনো এণ্ড খোমদোন পব্লিকেসন্স
সগোলবন্দ মৈনোলৈরক, ইম্ফাল — ৭৯৫০০১

কনা’ খঙহৌদ্রববা পাম্মূরবা মৈতৈ ৱাকমাসিং
মুৎনাইদ্রবা শৈরেংগী খোংগুল হকপিরমবসিং
কৎচরি নখোয়দা সন্দ্রেম্বী চাইস্রা।

# বাহৌ

নোংম.

নুংঙায় থাইফনা পাল্লম্বা

অঙম্বা অমনা মতম চাদনা

য়েলহৌঙৈগী.

মপা মপুগী মরানয়াইদা

হনবা তারবদা পাওমেনজরকই

খুয়া লুখুম ফমসেন্নরিবা

তালোয় মরুম্বী অনিবু য়েং—

ইপা ইপুগী খোয়রি লিনসাং

তাখিফম,

ইপামবোমতনা ঙাকচরকপা

ইয়ুম ইংখোল ইরৌ

সিন্নরমলবনি ঙসি নখোয় 'নিদা

সন্দ্রেম্বী পোকপী অমদি

চাইস্রা পোকপী তালোয় অনিমক।

ইমোম ইচা অনিনা

মপুগী মরেপ য়ৌ

মবেলগী মতিং ফং

য়ুমলেপ চার তমদ্রিফাও

ঙাকহৌরো সেন্নহৌরো।

## ২/ সন্দ্রেম্বী চাইশ্রা

১

য়ুম অমাম্বিদু মপু অনি লৈ'
হৌনরা
লোক অমত্তদা কৈ অনি হুন'
হৌনরা
হিংগদবনি অমদি মপু ওইমা
অমনা লৈগদবনি মীনাই ওইমা
মীনাই ওইনা হিংববু
অহিংবা কৌ' হাত্রা
সিরসনু সন্দ্রেম্বী হিংনা
সন্দ্রেম্বী মমানা লোক্রসনু
তাইবংগী চিঙাক, হনগ্রসনু
মহৌসাগী য়ুমদা।
অসুম্না লৌখি বারেপ অমা
চাইশ্রাই মমাগী পুক্নীংদা
বাখলদা।

২

কোয়েৌ নুমিৎ 'মদা হায়রকই
চাইস্রাই 'মা
পুক্লীংদা হুবু ফুম্‌ চীনবান্দা
লাংবন খোয়হীবু তৈ
হাদ ইচেম, ইচেম ইবেম্মা
ইচেম ইবেম্মা নঙবু নুংসীবী
ঙসি নোংদি ঙসি নোংদি
ফারুসিনে ফারুসিনে লেমলৈঙাবু
তান্নুসিনে তান্নুসিনে লেমলৈঙাবু
পুন্সীগী পাক্ল ইপাক্তা
বাখলগী লোংবু খোন্দুনা
থবাম্নগী মতিং নুংগী থৌনাবু ওইনবা
লেমলৈঙাবু লেমলৈঙাবু
তান্নুসিনে তান্নুসিনে
হাদ ইচেম, ইচেম ইবেম্মা ।

## ৩

মাঙদা লৈরে অনৌবা কোরৌগী
নৌর মঙালদা লংলবা ইপাক
কয়াদা ফজবা সনাগী ইথক্রা!
মালংগা লমজেন সাম্নরিবা
অহুগা ইরোম্ম্ংদদি
ফজবা নত্তে অহুক য়াম্না
ফজরিবসিগুম ইপাকথকতা
লোৎতুনা লৈরি খঙদনা উদনা
থবায়বু য়োকলিবা লেমলৈ
থবায়বু চুপথোকপা তাংজ
লৈমিন্নরি অনি পূম্না
খঙদবা উদবা ইরোম্ম্ংদা।

য়েংঙু অসে
সিলেম পাৎত লোংখোনবী
লোংবু খুৎতা পায়
তুংগোনবু খাংদা য়ান
কোকতা কোকসেৎ সেৎ
খাংদা খাংচেৎ মচি লাং
লেমলৈবু তাল্লকলিবী অনিসে ।
সন্দ্রেম্বী মমানা খোনজৈ
পম্মা চেপসি লোং
সংগাই য়াইনপ লোং
ফুমথি হামৎ লোং
চোমলাং খোঙথিল লোং
লোংলেন খুত্তা পায়হুনা
পুন্সিবু নৌনা সাংথনবা
হায়জৈ
হে লেমলৈ চঙবীয়ু এগী
লোংদা
ইমোমগী পুন্সি ইবান লৈ
অঙাং সরু লুতোং লৈ
সনা লীকলু য়াইওইবীগীনে ।

## ৬/ সম্রেবী চাইত্রা

সমু খোওবু খিন খিন
চাইত্রাই 'মালা খোল্লকই
খোমা খোমা সোল্লকই
স্নেক মরাইবু চাম্বুনপে
খোল্লকপনি হে
পজেং ফিম্লালবু থেংকে
খোল্লকপনি হে
তাংজ নংবু হু পুবী
লাও লাও চণ্ডলকউ হে
মাইবী হৌ মনুং হৌ
তিল্লাং সাও মখোাই সাও
চণ্ডলকউ হে
তুংগোনমুংদা ঐগী লেমসৈবুসা
লোংচরো হে।

৫

সারবা মুংসাদা পাংপান চিদাম্ব থুং
সমু খোংবু থিন থিন
লোংবু খোল্লম্বী অনিদো
লেমলৈবু তাল্লম্বী অনিদো
চাইস্‌রাইঁমা অমদি সন্ত্রেম্বী মমা
কাখৎলকতুনা অনিদো ইরোম্মুংদগী
থায়নগী লিরবা হৈবোংখাদ।
পোখ্খাররে। উরুমথুদা হকচিক
লাং. অরা পোকখোকলুঙৈ
অরাম খৌরাংবদি পোকলকলে।
য়েংখৎলকলবদা উথকতা
উরকলেদো অনিদো
অমুনবা হৈবোং চরোংনা
চরোং চুম্মা পাল্লমবদো।
হৈবোং কাবা হৈবী চাইস্‌রাইঁমা
কাখৎখি তাপ তাপ কোন্দুনা
মীংনা কুপ্সদা উতোন লোম
উ কাবা হৈতবী সন্ত্রেম্বীমা
ঙায়হুনা লৈবা তাখি উথাদা
য়েংহুনা লৈবা তাখি উথকতা।

## ৮/ সন্দ্রেম্বী চাইস্রা

নুংসিদনা নুংসি সা
হায়রকইদো উথকতগী চাইস্রাই'মা
নোকনিংদনা মোমোন নোক
হায়রকইদো উথকতগী
ইচে ইচে ইচে ইবেম্মা
মীৎপু অমুকতা উইসিনবীয়ু
থাদরককেদো অমুনবা হৈরাং
খয়াৎপু লাওনা কা
অমুকতা লৈবীয়ুনে ইচে
ঐগী খুৎসে ফনা মচুম্বনি
অমুকতা য়েংবীয়ুনে ইচেম
নংবু। হোয়নে ইনাও
য়েংসিদো। অসি বাবু
হায়দুনা, নোক্লা নোক্লা
অপঙবীদো, ময়াবু লাওনা
কা, মমিৎ অনি উইসিন
হৈরাং ঙায়দুনা লৈরকই।
সুমহৎলাং থাকতুনা চাইস্রাই'মানা
থাদরকপা মুল্লবা থুমলবা হৈরাং
হৈরাংদুবু চাদুনা ঙহাক
পংথরিঙৈ মীকুপতুদা

মুংসিদনা মুংসি সা
নোকনিংদনা মোমোন নোক
অমুকন্থ হমা হায়রকইদো
চাইস্রাই'মা। ইচে ইচে
ইচেম নঙবু মুংসিবী
অমুকতংগা উইসিনবীখোনে
নমিং অনি, অমুক্তগা
কাথোকপিখোনে নখয়াং
থাদরককেদো হৈরাং অমুক্তংগা
অরোইবনি মসিনা অরোইবনি।
সন্দ্রেঙ্গী মমানা মমিং উইসিন
ময়া কা মোমোন নোকলিঙৈ
চাইস্রাই'মানা হৈথরকই
তুংগোন্দু, তাংজ লিনতমা
পীক থল্লবা তুংগোন্দু।
চোংথরকইদো তাংজলিসদি
লু পুবী, মরি মরি মরেং মরেং
মাইবী হো মনুং হো
তিল্লাং সাউ মখোই সাও।

৬

পাংপান অতুদা
হৈবোংথা অতুদা
অসংবা নাপীথকতা
লোংনা হিগু্না লৈরম্বী
নহা ওইরিবী সন্ত্রেম্বীমমাগী
থোংলবা সমু মহুকচাং
অমুবা তাংজলিনতনা য়োমসিনগ্রে।
হৌগৎতুনা চেনগে হোংনরুই
মথোং অনিতুনা য়েংসিলম্মী
মথুংনা খংতোককে হোংনরুই
মথুং অনিমক য়েংলম্মী
ওই য়েং থক খা নাক য়েং
তাংজ লিলতনা য়োমসিনগ্রে।
উপায় লৈত্রবী মোমনু
খাংঙমদ্রবা হুগী চৈনা
ওমা থোইনা খাঙজরকই
মমোম লাংলেনগীদমক থমজবা
পাম্মুরবা তাইবঙ মহুকচাং
তমথীবা হু পুবী লিনয়্যামহুনা
অফং অফং চিকথং

চুপথোকখি চুপথোকখি
তাংজ লিনম্মামহুনা চুপথোকখি
পাম্মুরবা ম্নাইবী মঙা
মিগা থানা তরুকমক।

## ১২/ সন্দ্রেম্বী চাইস্রা

৭

লিনগী হুতনা কাথেকলবা য়েংহৈদ্রবা
লিম্না চিকপতনা ঈহিং-নাহিং সারবা
থবায় য়াওদ্রবা সন্দ্রেম্বী মমাগী
মায়থিরবা কান্নদ্রবা মহুকচাং
পজেং ফিরাল থেৎ মায়পাকলবী
চাইস্রাই মমানা ইনথরমলে
পাৎয়াদা কলকপেন্না হুনথরমলে
হৈবোং মখোংগী পাৎয়াদা ঈশিংদা।
অহাংবা মাগী তুংগোম্দু হুনদোক
মীগী অথনবা তুংগোম্দু লৌখৎ
মখাংদা চেৎ কিসিন মপু সা
হাইনা হুমনা মরানয়াইবু তমককলে।

৮

থবায় চেক্লাদি অপিখক
মহৌসাগী ময়ুমদা হনসি
হেক কদায়নো৹ তাইবঙ
মকোম্‌দা হনজিনসি
হেক করমনো৹ নুংবঙনৈ ।
চেক্লা পাইশ্রবনা পোম্বী
হনজীল্লকপদা৹ চেক্লাগী
কাইদোংফম খঙদবনা
পোম্বী কঙাওনরেদো ।
তলা অবাংবদা তোং
করি তৌসিগে নুংবঙনৈ ।
খুবাক লাইখন সা মীংয়েং
সানখৈরকপদা উরেদো
পীক্লৌবী মমোম লমজানা
মতু মমান ইপোন পোন
মাঙোন উখোংতেন্দা ঙা
রানা রানা উইহুনা
পলেম নুংসিবীবু ঙায়জবদো ।

৯

চাইস্রানা চোংথোকতুনা হঙজৈ
পলেম করি লেমলৈ ফারকই
কম্মা মাম্মা ফারকই য়েংগে ইমা
তংগোন হাংদোকউ ঈমা ঈমা ।
নোকতুনা খুমলকই মমানা
হাংগে হাংগে তুংগোন হাংগে
য়েংঙু তু চাওদরা খজিং অসি
ঙাইখো নখুৎ অদু রাইথুনা চপকনি
ঙাসেপ মচিনা হাইজখিনি ।
সন্দ্রেম্বীনা চেনথোকতুনা হঙজৈ
ইমাতোন ঐগী পলেমদি
করি করি ফাহৌই ঐগী পলেমদি
ইমাতোন ইমাতোন ঐগী পলেমদি ।
লৈতুনা য়েংলকই চাইস্রাই'মা
রাওইদনা খুমলম্মী চাইস্রাই'মা
নঙগী পলেম সকহেনবী
লৈকায়গী রারেম পাম্বীশিংগা
নাপ চিকথনহৌরি রারী সাংথনহৌরি
করি লেমলৈ ফাবা ফাদবা উজরকতে
মাই' হৈনজদে ঐখোয়দি ।

১০

সন্দ্রেম্বী মমাগী য়াইবীনা
মঙ অমম্বুং তাইবংগী লাংদাইদা
লেপ, পাওমেনজরকই লমজাদা।
ইবেম্মা, ইমাগী ইবেম্মা মুংসিবী
নপন পলেম নমা ঐদি
অসী হৈবোং চা, অমন
খোংগুমলে অসী মংথিল্লে।
থেঙ্গু ওইনমক লাংওন্দুনা
লৈরেনে হৈবোং মখোংদা
হৈবোং খাগী ইরোম্মুংদগী
থেঙ্গুত্বু খোঙরোলাওনে
ইসাইফুদা হাপতুনা চেৎনা
মুমিৎ তরেৎনিদং লোৎলুনে
তরেৎনিদি মুবা মুমিত্তা
তাইবং ওইনা সাফোংতুনা
ইমোম নঙবু অমুক কোল্লরগে।

১১

চাংথৈ ফীতুপ হুনখি
মঙগী বাবু নিংসিঙ
সন্দ্রেবীনা খুৎতা লোংবু পায়
খ্বাংদা তুংগোন য়ান
মনুং মতম চাত্রবনু
সিলেম পাৎপু তমলকই
পলেমগী খোঙ্গুল মারকই।
সমু খোঙবু থিন থিন
কোয়না কোয়না খোন্দুনা
পলেমগী খোঙ্গুল লীরকই।
হৈবোই হৈতবোই কোৎচবদা
য়াওরকইদো ঙাখা ঙাসেপ ;
সুদ্রিবা মরোলনা হায়জরকই
হাদ ঙখা মৈঙাংবী
ঙাসেপ চীবান্দোং
লেমলৈ নখোয়বু খোনবা নত্তেদো
পলেম নুংসিবীবু থিজরকপনি
ইমা লৈফম তাকপিয়ু।
অমদা কোৎলুই য়্যাওরক্তে
অমদা খোল্লুই লকলকক্তে
নুংবঙননা লেপলকলে সন্দ্রেম্বী।




মমৈদা পীকলিবা মবুক মচাহুদা
কুমথহুনা খোল্লকলে
কোংখংলকপদা য়াওরকলে
পলেম্না তাকপিরম্বা ৱাহৈশিং ।
তন্নমক চঙহুনা হৈবোংখাদা
সমু খোঙবু থিন থিন
খোঞ্জরকই য়েংজরকই সন্দ্রেম্বী ।
য়াওরকলেদো নৌরীবা
থেঙ্গুচাদি অপিথক
তুঙ্গোন্দদি চন্দবনা
ফিগাও সানা য়োমহুনা
কোন্দুনা পুজরকই সন্দ্রেম্বী
সারবা নুংশাদা তথক্লা
তবি তবি চেনজরকই সন্দ্রেম্বী ।
মোংবা মরান য়োবগা
ইসাইফুদা হাপতুনা থেঙ্গুদো
লোংতুনা থমজরকই সন্দ্রেম্বী ।

১২

চাইব্রাই'মানা থৌদারকই
হায় সক্রেব্রী লাও
হিক কায়রো লাও।
চাইব্রানা নীঙায় তৌরৈ
ইমা ইমা ইমা
ইসাইফুঙা য়াওরে
থেঙ্গু অমা ইমা
থেঙ্গু চাগে ইমা
থেঙ্গু চাগে ইমা।
হায়রকই চাইব্রাই'মা
থৌদারকই চাইব্রাই'মা
কনা লৈজদ্রবী লমজাদা
থেঙ্গু ফুংলু সক্রেব্রী
তারিব্রা সক্রেব্রী
করি মারি থৌলাংলু
থেঙ্গু ফুংলু থেঙ্গু ফুংলু

## ১৩

ইসাইফুদা পলেমবু মৈথকতা
থাঙ্গৎপা তাখি সন্ত্রেশ্বী
করিগী মোমু লাইবকনো
মীৎত পিরাং সিন্থ
সীংবু য়াঙখি তোল্লবী খুৎনা
ইসাইফুগী থেঙ্গু মচানা মৈসা লাং
তেংথারকলেদো মৈসা থাংঙমদ
সন্ত্রেশ্বী ইমাদি
খোঙল্লা সারেদো।

তম্না পাউদম্মী চাইস্ত্রানা
হো ইমা ইচেদি
কপ কপতুনা লৈথোকলে
সীংবু সৎতোক মৈবু মুৎথৎ।
মমাতোনগী মীচৈ থাংঙমদ
মীৎতা পীরাং সিন্থ
সীংবু য়াঙখি তোল্লবী খুৎনা
করিগী মোমু লাইবকনো
ইসাইফুগী থেঙ্গু মচানা মৈসা লাং
তেংথারকলেদো মৈসা থাংঙমদ

## ২০/ সন্দ্রেম্বী চাইস্রা

মীৎত পীরাং সীন্থ
সীংবু য়াঙখি তোল্লবী খুৎনা
ইসাইফুগী থেঙ্গু মচানা মৈসা লাং
তেংথারকলেদো মৈসা খাংঙমদ
সন্দ্রেম্বী ইমাদি
খ্বাং য়োরেদো !

তম্না পাওদম্মী চাইস্রানা
হো ইমা ইচেদি
কপ কপতুনা লৈথোকলে
সীংবু সংতোক মৈবু মুৎথং ।
মমাতোনগী মীচৈ মৈসা খাংঙমদ
মীৎতা পীরাং সিন্থ
সীংবু য়াঙখি তোল্লবী খুৎনা
করিগী মোম্ন, লাইবকনো
ইসাইফুগী থেঙ্গুমচানা মৈসা লাং
তেংথারকলেদো মৈসা খাংঙমদ
সন্দ্রেম্বী ইমাদি
থবাক য়োরেদো !

তম্না পাওদম্মী চাইস্রানা
হো ইমা ইচেদি
কপ কপতুনা লৈথোকলে
সীংবু সংতোক মৈবু মুৎথং ।

মমাতোনগী মীচৈ মৈসা খাংঙমদ
মীৎতা পিরাং সীম্থ
সীংবু য়াঙখি তোল্লবী খুৎনা
করিগী মোম্ম, লাইবকনো
ইসাইফুগী থেঙ্গুমচানা মৈসা লাং
তেংথারকলেদো মৈসা খাংঙমদা
সন্দ্রেম্বী ইমাদি
ঙকসম য়্যৌরেদো !
তম্না পাওদম্মী চাইস্রানা
হো ইমা ইচেদি
কপ কপতুনা লৈথোকলে
সীংবু সৎতোক মৈবু মুৎথৎ ।
মমাতোনগী মীচৈ মৈসা খাংঙমদ
মীৎতা পিরাং সিম্থ
সীংবু য়াঙখি তোল্লবী খুৎনা
করিগী মোম্ম, লাইবকনো
ইসাইফুগী থেঙ্গুমচানা মৈসা লাং
তেঙথারকলেদো মৈসা খাংঙমদ
সন্দ্রেম্বী ইমাদি
কোক য়্যৌরেদো !

## ২২/ সন্ত্রেম্বী চাইশ্রা

কম্না লাওই চাইশ্রানা
হো ইমা হো ইমা
কপতুনা স্নুম লৈথোকলে
ইচেদি চাকখুম অসিদা
সীরদৌহ্ মঙায়রে করিনো
কম্না কম্না ঙাংলমবদগী চাইশ্রা পোকপী
হৌগৎতুনা লেপলরে চাকখুম্মাং
মখাং মেৎতুনা পৈদুনা য়েংলরে।
মমাতোনগী মীচৈ মৈসা খাংঙমদ
হিকহৈনা কপতুনা
নুংহিক্লনা কপ্পুনা
সাংবু য়াওখি তোল্লবী খুৎনা
করিগী মোয়্ লাইবকনো
ইসাইফুগী থেঙ্গু মচানা
খাম্বী মৈনদি চাকসিললক
পাম্বৈনদি লৈজখিদ
অরোইবা ওইনা তেংথারমলে
সন্ত্রেম্বী ইমাদি
লৌবাই য়ৌথ্রেনে
লোয়রেদো ইবেম্মা।

১৪

অহিং তাংজৌ থেংলফাও
লোম্না লোম্না হিক্রা কপ লেনজরম্বী
তোঙ্গবী লমজা সন্ত্রেম্বী।
অমম অঙান সিম্নরকই
উইরোন হায়ফেং চিংলকই
মং ওই হ্না ওট থংহৌদনা
খোম্তাং ওইনা তাক্লকই—
থেঙ্গুগী সরু সয়াংদো
কোরৌ হুমিং তক্লেংনিদং
লোৎতুনা খম্মুনে ইবেম্মা
তাইবংদা অম্মুক ফাওরুগে
অসী লমগী অইংবসে
লমজা নঙসী খল্লুরুদা
মৈগুম সারে পোথ্র' ঙমন্ত্রে।

১৫

মঙলা হারা করিনো
ফুক হৌগৎলি সম্ব্রেশ্বী
থোংগী নাতৈ কাংহুনা য়েংলকই
অমম্বা মরকতা অঙানবা মসোং
হায়ফেৎ হায়ফেৎ কাপখৎলকলে।
খোংথাং তপ্পা থাং নাসোম্বা
খুনিং কাংগাওনা খুদোন নেৎ
লুখাকলকতা চং অমোৎপহুদা
মাহুনা থিরুই থেঙ্গুগী সরু।
হিক্রা হিক্রা কপ
ফিগাও সানা য়োম
পুজরকই মরু খরদং তোল্লবী
ফীরোল তরেৎনা ম্নোম
ফিরুকন্নুংদা লোৎচরকই
ঙায়জরকই পলেমনা অমুক
লাংওনলকপদো তাইবংদা।

১৬

অহিং নুংথিল তুম্বা চাবা
খোয়রাঙলকই সন্দ্রেম্বী
লাংতক্করকই সন্দ্রেম্বী
কনা লাই ফাত্তববু চঙলবনো
ঙাইঙমলকতে খৌরাংলকই
পলেমগী চান্ন মিকৌ নুংসি সকতম।
কোরৌ নুমিৎনদি মঙানিদগী তরুকনি
মথং মথং লানসিল্লকই
লাংতক্রবগী ইন্তুনস্থ কনসিলকই
কনা লাই ফত্তবব্ব চঙলবনো।
ফাথবীনবা লৈত্রবা অঙাংগী থমোয়
লাকপীনবা লৈত্রবা পুক্রাং সগোল
লোৎনা চেৎনা থমজবা
ফিরুক মখুম হাংলকই
ফীরোল মরোল তরেৎমক
মথং মথং তনিক তনিক
হাইদোকলকই সন্দ্রেম্বী।
খংপ্রেকপু খংই খঙহৌদে
ক্রুং হেকমক মপাইথোকখি
থরান্ন চেক্লা অপিথক

মতম ওইরকপা ভাইজরম্বা ।
থবায় চেক্লা অপিশক
নিংঙমদনা লাঙজমম্মী
ইমাগী ইবেম্ম ইমানা তাইবংবা
অমুক লাংঙজগে থৌরাংববু
ওইররোই হন্দক লাংঙনজিন্নী
নমা ঐবু মরৌগনু
চৎলে চৎলে চৎলে
থদৎলম্নবনি তাইবংগী জিপুন
হুনদোকজরকম্নী তাইবংগী হুংসিমনি
সন্দ্রেম্বীনা চেম্হোক্তনা
পাম্বোম অনি থাংগৎতুনা
কম্না কম্না কৌজে
হল্লকখো হল্লকখো
অমুক হল্লকখো ।
হম্নমকতবু ক্লোংঙমদে পাম্রেলে
চেক্লাদো, ভংলবদা তাইবংপিলপুর
কেনথ্রবদা পুন্সী লৈরাং, জোইরেদো
হম্নমকতবু ক্লোংঙদ হনগ্রেবে
য়াইবীদো, মক্লৌসাগী অহাবকা
অমদি ভরোইবা মকোম্থরা ।

৮৭

মতমগী খোঙলে তুংইম্না
লাক্লে নিংথৌমচা অমা
ম্লাংগোই সপোল নেং
চেংলৌ মীৎয়েং সাল্লরে
মপুং মরেপ ফাবক্কবী
সিঙেল লৈরাং অমিনা
লাইজ ইপাল লাং
ইম্নুমী মম্লোল সৎলম্বা।
চেংলৌ মীৎয়েং তাব্লরে
পোমক্সি সেৎপী নিংখিবী
লৈপাক্কী পুল্লাং পুবী চঙখোনবী
পুক্নুং মিম্না ভাবখোইবী।
পুন পুবীবু য়েং
পোমক্সি সেৎপীবু য়েং
নিংথৌ মচানা হায়জরকই
সারুবা হুৎসাসিদা ম্লাব্রৌ সাদাল্লকপা
খৌগৎলবা ঐবু ইংহনবীয়ুনে
লৈপাকী পুনগী অইংবা লাইজনা।
লুরুক্কনা খুমজরকই সন্ত্রেম্বী
লৈপাকী পুনদি নত্তিক নত্তেনে
মথৎথবা ইবুংঙোগী

ইনাও চাইথ্রাগী সনাপুনদগী
থকপিয়ুনে লাইজ নতিক্সী।
চাইথ্রানস্থু হায়জরকই
সনাপুন্দা য়াওবা লাইজ
নতিক্সী মথং খনবগী
হৈজরকে খুজোক থম্না
থকপিয়ুনে চাইথ্রাগী লাইজসে।
মায়থোং লাংসিন হায়রকই নিংথৌমচা
পুনগী অইংবা ঈশিং থৈনা পামজৈদো
সনাপুনগী অসাবা ঈশিং থৈনা পামজদে
পোমক্রি সেৎপী ওইহুনস্থু পামজৈদো
পুন পুবী ওইহুনস্থু খোয়দাজৈ
সনাপুন পুবী ওইহুনস্থু সনাপুন পামজদে
ফিগে সেৎতুনস্থু ফিগে পামজদে।
বাংলেন অহেনবা কোরৌ অফবা অমদা
থকচরগে পুনগী অইংবা লাইজ
ঙসি নোংদি লাইজগী ইথৌ হুংসিগী ইথৌ
ইথৌসিবু পুহুনা ইরানয়াইদা হনজরগে।
সগোল সমায় লৈহুনা হনখি
নিংথৌগী মচা ইবুংঙো
কুদ্রুক কুদ্রুক তন্না হনখি
য়াংগোই সগোল সয়াং নেৎ
কোরৌনা ময়ুম চঙখিবগুম।

## ১৮

হায়্জরকই চাইশ্রানা
পলেম মমাবু রেং
হাদ পলেম, পলেম ইমাও
লৌথোকপিরো লিক্লাং পরেং
পীরো ইচেদা সনাপুল
সেংপিরো মাবু ফিগে
সিবীরো মঙোন্দা লিক্লাং।
পীরো ঐঙোন্দা লৈপাক্কী পুন
সেংপিরো ঐবু পোমফি,
লৈতেংবীয়ু ঐঙোন্দা নাচোম'মতং
য়াংগোই সগোল নেং
লাক্লনি লাক্লনি থিল্লে
লাক্লনি ঐগী নিংথৌমচাদো ।

১৯

অমুক হন্না লেপলরে
নিংথৌগী মচা ইবুংঙো
পন্থৌগী নিঙখায়রবা হোজংদা
য়াংগোই সগোল সন্নাং নেৎ
চেংলৌ মীৎয়েং মীৎথিৎলরে
সিঙেল লৈরাং অনিনা
লাইজ ইপাল লাং
ইমুগী মন্নোন সংলম্বা ।
উরকল্লেদো সন্দ্রেম্বী সন্দ্রেম্বী
লাইরমলেনগী কজবা
মীরমলেনগী নিংথিবা
অনি তুসিন্দুনা মপুং ফারবী
নিঙথিরেন্দা সন্দ্রেম্বী
চঙখোল্লেদা সন্দ্রেম্বী ।
খোঙ্গাংলবা মীৎয়েংদা
হায়জরকই ইখৌলাংবনা
ফিগে সেৎপী চঙখোমবী
সনাপুন পুবী নিংথিবী

লিক্লাং থোনবী লুরুরুবী
কোকহল্লু ঐগী ইখোলাংবা
নখুত্তগী লাইজ খুজোক অমনা।
পাওখুমবু পীগে ঙমজদে তোল্লবী
পীরাং ইহৌনরবা মীৎস্নানা
লৈখাদা য়েং লোৎচরকই
অরাবা অকিবনা পোলোইহনরবা মায়থোং।
পাওখুম্ব, পীরকই চাইস্রানা
নুমিত্তা ওনসিন নুমিৎলৈগুম
সিদা লৈরে খৌরাংবা নঙগী
ইখৌ কোক্ল' অইংবা লাইজ
থকলরো খোসোম থন্না
লৈজবা পূম্বা হৈথরকলগে।
সন্ত্রেম্বীদা য়েং পীরকই
চাইস্রাগী পাওখুম পীরকই
ম্নংসিগী থম্মোয়দগী ম্নংসিবা
থকল থকল হেন্না ইখোলাংবা
মতুত্তনি ঐগী ইখৌ।
ইসানৌ ইবেম্মা সন্ত্রেম্বী
নখুত্তগী লাইজ খুয়া অমনা,
ঐগী ইখৌ হেনগৎহনবীরা
মিকুপ অসি ওইহনবীরোনে

খ্বাম্বদগী হেনবা ব্রাংলেন।
ইনেম মচা ইবুংঙো
থকপিরো লাইজ ননিংনি
সন্দ্রেম্বীগী পীকলবা ইচেল
তিলহনবীরো নঙগী ইপাক্তা।

২০

লাইজ হৈজগে থাংগৎচরকপা
সন্দ্রেম্বীগী নৌরবা খুজেং
সয়াংথকী মচা ইবুঙো
লাইজহৃদি থনমমে, খুজেংহু ওইনা
চিংখৎখরে সয়াংথক, খোংলৈ থুনা।
অমম্বা অহিং হৌগ্রগা
কোরৌগী ঙাওাম্বরবা মসেক্লা
সনা খুজোক খুজোক হৈথরবদা
করম্বা ইপাক্লা মাই হাম্লগ্রবগে
ইথক্লা জগোর সাহুনা ওকচবনি।
য়াংগোই থকতা হাগুনা পুখি
সন্দ্রেম্বা
ম্বাংগোই খুরুপ থাহুনা থৌখি
নিংথৌমচা।

২১

সাবি ইবুংঙো সুংসিবা
থংলেন মানজা পাম্মুবা
স্নেংবিয়ুনে অমুক্তা
হুংগাম মপাল মরকতা
নাপুগী কুয়াক্লা পায়রিবসে
মরি মরি
সুংওম্রা।
হৈথা মপাল অঙৌবা
স্নোমসিন স্নোমসিন
সাংলিবসে
ফজম্রা।
চুমথ্রে মপাল তঙাং তঙাং
পারী ইচা তনৌবগী মাম্লথোং
মান
সুংসিম্রা।
সুংসিরকইদো ইপাম লমদম
লমজা ঐবু নাওকোনবিরকখিবা
নিংসিঙলকইদো পম্থৌ ইংখোন
চাইগোম্মুং
কোরৌ নোংমতা ইপাম কুমলুগে
সে সে সিন্নজরমগে পারীসে
তন্নমক হনজরককে ওকাপরম্মুকো।

২২

ইচেমগী ইবেম্মা চাইস্রা
ইচেমগী নৈমা ফিরোই পীরকলো।
নৈমালিক্লাং লৌথোকরকলোনে নঙকতগী।
মুমিৎ মতাং হেল্লকলে
পারি খোম্লাং লামলমগনি
সাবি নিংথৌ খোয়রাংলমলগনি।
লাও লাও সিদা লৈরে লাও
লৌজররো নঙগী নৈমলিক্লাং।
কৌসিন্নবীথি যুঙ্গানাক
লংসিনখি লিক্লাং কাংখদা।
ওন্থোকইদা ইবেম্মা
সোনথাংননা মথন্ত সোন সন্দ্রেম্বী
লীক্লাং লৌগে নোনথখি।

২৩

চীরবা তানজাত্ত্ মাংহন্দ
চাইস্রা মমা মচানা
য়োৎসবী থক্কী ইসাইফু
লোক লোক সারবা ইসিং
হৈথরকই হৈজিল্লকই অনি চঙ
নৌরবী সন্দ্রেম্বীগী থোংলবা মহকচাং ।
তীনথ্রোক্লা য়াংদৌথকতা চোংবগুম চোংলক
থবায় চেক্লাদি মুংসিবী
পাক হেক পায়সি পাইঙমদ
ফ্রিং ফ্রিং চোং খাংজরম
হকচাং পোলাং হুন্দোকলম
চাক্লা চাক্লা খোংহুনা
ঙ্গেংজরম্মীদো সাইজিন্দা তোং
পাম্মুরবা তাইবং মকোম্নুং ।
থবায় চেক্লাদি অপিথক
চেক্লা লমখুন্নু ওল্লেদো
পারি চাউদ্রিবগী মায়কৈ ঙ্গেং
মথংলেন পাম্মাবগী মায়কৈতম
তথক তথক পায়খরে
নাইতোম তারবী চেক্লাদো ।

## ২৪

অচুদলী চাইস্রানা
লৈমা লিক্লাং সিজিল্লে
লৈমাফিরোই সেংচিললে
সকল্লেং মীংসেল মাঙদা খিন
চেপথ চেপথ ওই য়েৎ লৈ
পেম্না পেম্না কলক পেম্না
হম্না হম্না মীতাজরকলে
মসাগী মীরেল মিংসেলদা ।
সন্দ্রেম্বীসু নুপীনি চাইস্রাসু নুপীনি
সন্দ্রেম্বীনা পীবা ঙম্বা পুমনমক
চাইস্রানসু পীবা ঙমফম থোকইনা
পীগনি লোয়না পীগনি চাইস্রানা ।
অচুগা
নোংমা চাইস্রাবু মায়থিহনখিবা
মায়থিহনগনি অমুক চাইস্রাদা
লানঙম ফিরাল থেৎকনি চাইস্রানা ।

## ২৫

লৈমা
কোরৌ মতাং চাদনা থেংলকইদ
করিনো,
সাবি ইবুংঙো
পলেম ইমানা, উদবা কুইরে
হায়রুনা, তরাগী মথেন য়াম্মনথিবনা।
লৈমা
করিনো কুচু ইমক মক,
সাবি নিংথৌ খোইরাংলমলনি
বামনথিবনা।
লৈমা
করিনো খুনিং ইকায় কায়,
কোরৌমতাং তেনমনথি মুংসাথিহনা
চেল্লকইদো।
লৈমা
করিনো নপা ইচোম চোম
নমিৎ ননা ইকুৎ কুৎ
পারী ইচাগী খোমাং নঙথরক
মুংঙায়রতহনা কপলুরেনে ইসাবী
করিগী অহুক চীংন পৰৈনবীবগে
ননাওবু।

২৬

নিংথৌগী মনাই সজীকলোয়
তফিং তফিং সজিক ফানজৈ
হোবে হোবে হোংনজৈ
অহুগুম্বা তানজহূদা
মনাকতা হেক হেক খোংলৈ
পামেন উসাদা কায়দোংবী
লমগী খুমুদি ওকনৌবী
চেক্লাচাদি তুনানবী
মমিং তথক তথক
মনাই সজীলোয়বু য়েং
হেক হেক খোংলৈ—
কু কু কু খ্বাংমৈতং
হাদ নিংথৌ তু-কাওবা-
কাওমম্নু কাওইদা
ইচা নিংথৌ-সোকনি
ফিগে ইয়োং তংকনি
নবুংঙোদা তমজরু
পাজোম্বীদা হায়জরু
সন্ত্রেম্বীনা উদা তোং
চাইস্রানা ফম্বাল তোং

## ৪০/ সম্রেঙ্বী চাইবা

কু কু কু খ্বাংমৈতৎ
ঐগী পাওসে তম্বীদ্রবা
সগোন মরাই তাহনগে
সমু মঙ্গেং তাহনগে
কু কু কু খ্বাংমৈতৎ !

২৭

ঐগী

লৈমগী ফিগে ইম্নোংসে
লৈরেনে মিরাং মরকতা
ফল্লবা থাবু চরৈ ফিদোম্না
চেৎ লাকসিন
চেঙলবা খ্বাংদা খ্বাংচেৎ
চেৎ লাকসিন
অওন সমজী কোমগোম পুন
হুগৎপদা ঙাম্লখিবা সাইনোম্না
চংবী লম্বোনঙম নৌরবা চুবাদা
প্রোপ প্রোপ তারক
নাকন্দা সেলুক থম
ঐগী সঙ্গায় মাংগোনসিদা
ফিগে ইম্নোং মাঙদা তিংথোক
ইসানৌগী মেলৈ লৈস্না চরোং
থুংকুমবনা, স্নুনা নাতৈ ক্লাং
ঐগী লৈমগী নৌরবা পাম্বোমগী
দং দং তেমগী তেমথেংদো
নিল্লখিদরে ঐগী থম্মোয়ন্নুং
সিবু করিনো !

২৮

নুংবঙনথ্রে সজীকলোয়
নিংথৌগী মনাই সজীকলোয়
হানৌ অনৌবা খন খন্দুনা
নিংথিবা সজীক থি থিহুনা
হোংনজবনি মবুংঙোগী
সগোল সমু সমোক
অহুবু খঙতে করিনো
সগোল সমু সমোক
লেপ্না লেপ্না তুরকলে
নুংবঙনথ্রে সজীকলোয়
নিংথৌগী মনাই সজীকলোয় ।

২৯

লাইনিংথৌনা
নোংমদি তাকপিরকই চাইস্রাগ্নেং
তাস্রা লৈমা
য়েংঙু নঙগী ফিগে ইয়োংসে
মিরাং কারে উফুলনা কুপলে
ঙসি নোংদি য়েংগেদো
ঐগী সংগাই মাংগোনসিদা
নঙনা চরৈ সাবদো
কোরৌ য়ামলে উখিদবা ।
চাইস্রানা সোম্বাংনৈ
পারি ইচানা মখোং য়াওবনা
ঙহাকতবু সংদেনে
লাইনিংথৌনা সনামিংগ্নেং
তাবিনিংলবদি ফনি—
সন্রেম্বীনা কোনসিন্দুনা থনম্বা
ইয়োং, চাইস্রানা তিংথোকলুই
খ্বাংদা সনম পানসিন্দুনা
সুনা নাতৈ কাংগেবু হোৎনরুই
কাংঙমদে -
তেমবু থাগে হোৎনরুই

থাঙমদে

লংলা অমা তংলকই

সমঙমদে ।

মতৌ অহু উবদা

তাকপিরকই লাইনিংথৌনা

ফরে ফরে লোইসিল্লো ।

৩০

মমাই মমিং ইমক মক
নিংথৌগী মনাই সজিকলোয়
সজীক ফানজৈ সজিকলোয়
খুৎতা থাংগোল নাকন্দা পোলাং
অমুকস্ত হন্না খোংলরে
পামেল উসাদা কায়দোংবী
লমগী খুন্নুদি ঙকনৌবী
চেক্লাচাদি তুনানবী
মমিং তথক তথক য়েং
কু কু কু খ্বাংমৈতং
হাদ নিংথৌ তু-কাওবা
কাওমন্নস্থ কাওইদা
ইচা নিংথৌ সোকনি
ফিগে ইয়েং তৎকনি
নবুংঙোদা তমজরু
পাজোম্বীদা হায়জরু
সন্দ্রেম্বীনা উদা তোং
চাইস্রানা ফম্বাল তোং
কু কু কু খ্বাংমৈতং
ঐগী পাওসে পুবীব্রবা

## ৪৬/ সনেম্বী চাইস্রা

সগোল মরাই তাহনগে
সমোক মমেং তাহনগে
কু কু কু খ্বাংমৈতৎ।
থংপ্রেক থংপ্রে সজীকলোয়
পুমঙক ঙকপ্রে সজীকলোয়
থাংগোল পোলাং হুন্দোকলম
থরং লায়চেম্মা মালং ফাকেম্মা
মবুংঙো নিংথৌ তমলকলে।

৩১

লমগী খুমুদি ঙকনৌবী
চেক্লাচাদি নুংসিবী
নঙনা ঐগী লৈমমক্তবু
সেংলবা, চারোলাওনে
চেং মচংসে, নিংথৌ
ঐগী ওইথংবা খুবামদগী
তোংলরোনে ঐগী পাম্বোমসিদা
কংলবা
ইংলগে থমোয় হকচাং'নিমক
চাকলবা ।

৩২

অপিকপা ইচানা
সান্নররে অমুক ঐগী মাংদা
চেন্দুনা চোংহনা হায়-হুমহনা-
নোকতুনা খেহনা তফিং তফিং ।
হে পুল্লী কল্লকইদ কল্লকই
খনজৈ সনাগী পোম্মুংগী লমখুন্নুনা
নিংথৌগী লুখুমদা য়ান্দুনা থমলিবা ।

৩৩

নৌরবা মচানা সান্মরে পোন্দুদা
নৌরিবা মখুৎতুনা থিংজিলক পোন্দুদা
উরেদো মিৎসাং মচাগী মিৎতা,
মচাগী মিৎতা পকপা মীৎসাং
লমখুনা কক হন্দুনা লৌথোকচৈ
মচাগী অরাৎপা উই মমাতনা ।

৩৪

লৈমা লৈমা তাথ্রা লৈমা
ঐগী পোনসে ইহাং হাংলে
চেক্লা কদোম পায়খ্রবগে পায়খ্রবগে ।
চেক্লাহুদি ইবুংঙো
পাম্নী ইচাগী মখিৎপু কোৎকে
তৌরমমীনে অহুমাগীদমক ননাইনা
চগেমবু পোমথোকখ্রেনে লাইনিংথৌ ।

৩৫

করিনো
লাইনিংথৌনা রাওইদুনা
চগেম হৈদোকখিবা মফমসিমকতদা
হৈরাং অমা হৌবকইনা নাইতোম
করিনো
হৈরাংসিস্থ পাম্লকইনা নাইতোম'মথক
করিনো
'তুগা অমুক সাবী নিংথৌনা
অযুক্কী নুংথিলগী হৈরাংসিতবু সেন্নপ্রেনা
করিনো
পোনগী লমখুনুদুবু য়েংবগুম
হৈরাংসিতবু য়েংদুনতা লৈপ্রেদনা
কমদৌসিগে।
ঐ কৈদৌসিগে ঐ কৈদৌসিগে
চাইস্রা ঐবু কমদৌসিগে!

৩৬

হৈরাংনা হৈজিং ফারকলবদা
তাওজিংনা মমুন ফারকলবদা
নোংমদি লাকলেদো খংহৌদনা
লাইনিংবা লমবোইবা অমা
লেপলরে পাইতু হাংদোক
নিংথৌগী স্নমাং মতা ফবদা
কনা লৈ নাকথেং লাকই লাওররে।
মতাং চারে খন চাইস্রানা
মীরক নারক ক্লেং চাইস্রানা
পংপু থং হৈরাংদো চাইস্রানা
নাকথেং হাপপ্রে তাওজীংদো
লমবোইবদা চাইস্রানা।

৩৭

লমবোইবনা হৈয়াং চাগে খন
খুৎতা হৈয়াং পায়
হৈজ্ঞাংবু য়েংবা কান
হৈজ্ঞাংবু লৈরমদে।
লমবোইবনা
নোংমস্থু হৈয়াং চাগে খন
খুৎতা হৈজ্ঞাং পায়
হৈয়াং য়েংবা কান
হৈয়াংবু লৈরমদে।
ইমুং লমম্বাইদা কাতু কারন চৎ
মুরুম মুরুম সোল্লি লমবোইবা
ইমুং লময়াইদা তুবৎ তুবৎ সম
মুরুম মুরুম সোল্লি লমবোইবা
করি মতৌনো অসিবো
হৈ-লৈর থাঙ লৈত
থাঙ-লৈর হৈ-লৈত।
অস্থুম্মা
হৈ-লৈর থাঙ লৈত
থাঙ-লৈর হৈ-লৈত

## ৫৭। সন্দ্রেম্বী চাইশ্রা

লমবোইবগী চেঙফু 'নুংদা
লোৎতুনা লৈরকলে সন্দ্রেম্বী
হৈরাংগী লাংওন লোয়বা ভাগ্নতুনা ।

৩৮

নোংমদি লাইনিংবা লমবোইবদো
তফিং তফিং লেপলরে সনামাঙ
অসুম্না হংগৎলরে তফিং তফিং
লাইনিংথৌ ইবুংঙো
ননাই লমবোইবা ঐনা
ৱাফমমতং হংগৎচগেনে
কনানো অমনা হেক হেক
খাম্বী মৈবু হৌগৎপি
থাংগৎপিরম্মীনে ইসাইফু
চামলৌ মথেন লাঙ
তরাসু হেক হেক লোয়নসিনবীরম্মীনে
খোযুমলা তাইবংলা করিনো
য়েংদদি ময়েংলগে খন
ননাই ঐনা লোৎতুনা য়েংলুবদি
লাইনিংথৌ, খোয়ুমলা তাইবংলসু
খংজরকত্রেনে ইবুংঙো
অতুমহিক্তি ওইরগা ইনিংথৌ
সাইনোন খোমগৎ চরৈ চিংখৎ
খাম্বী মৈবু হৌ তরাগী মথেল

৬৩/ সন্তেরী চাইনা

লাংহৌবীদো, মানগ্রেনে লৈমদো
লাইনিংথৌগী লৈমদো
ননাই ঐগী পলেম সকপীদো ।

৩৯

লাইনিংথৌনা লেপলরবদা চাকথুম্মাং
লমবোইবগী চাকথুম্মাং, মৈরিমসু ইঙাং ঙাং
চাকলম্মী, উয়ানসু মৈথকতা ত্রোং ত্রোং
চাকথোংবীদি লৈরমদে লৈরমদে।
তাইবং মীনিন ফংবদা সন্দ্রেম্বী,
নিংথৌগী লৈমা সন্দ্রেম্বী, লোৎপ্রেনে
চেঙফুনুংদা চঙ, হৈরাং এন্দুনা অমুক।

৪০

সন্দ্রেম্বী থোরক্লো থোরক্লো
লাই খুবাক খুবীগে
নহুম পোন্দেল সাবিগে সাবিগে
নসাবী নিংথৌ য়েৌরক্লে য়েৌরক্লে
মতম ওইরে সাকোংলো সাকোংলো।

'৪৯

অমমবা অহিংগী মখুৎ লিশিংবু
নমথেকতুনা চাইথাম্বরমতুনা
অমমবদগী চোংখৎলকলে অঙানবা
অমমবগী অমুবা মমিনা
কম্বারক হন্না হোৎনতুনম্থ
মুৎথৎপা ঙমদ্রমাল্লে অঙানবা

৬০/ সন্দ্রেম্বী চাইগ্র

৪২

চেংফুন্নুংদগী সন্দ্রেম্বী
হৈরাংগী মকু হায়দোকলম
নোংঙানলমদাই সজ্জিককুম
মকোক মক্ল ফিজিনা কুপসিন
লুরুক্লা কুমথরকলে সন্দ্রেম্বী
মালেম লৈদা লুক
লাইনিংথৌদা খুরুমজররে
মমলবা নিংথৌগী থরায়
মঙালগী নসেক লিশিংনা
হৈথররে চায়থররে ঙাল্লরে ।

৪৩

চোংথোরকলে সন্দ্রেম্বী
লৈবাক মাংদা লাওররে
ঐনি লৈমা অসেংবা
লাইনিংথৌগী লৈমা লৈবাক্কী লৈমা।
চোংথোরকলে চাইস্রাম্ন
লাওররে লৈবাকমাঙ
ঐনি লৈমা অসেংবা
লাইনিংথৌগী লৈমা লৈবাক্কী লৈমা।
অতুদগী লাইনিংথৌনা
অসুম্না য়ারেপখি—
ঐগী লৈমদি অমথক তনি
অতুনা চায়নরো নখোয় অনি
ইপা ইপু লাইনা য়াচুমলকলসন্নু।

৪৪

নিংথৌগী মনাইনা চেকসিন্না
পুথোরকলে থাংলেন অনি চেকসিন্না
থেন্দুনা থমলরে সনামাঙ
অরংবা অমা থৌদবা
লংদবা অমা অথৌবা ।

৪৫

লংত্রিক লংবা থাংলেন্দু
তাপ লৌথি চাইস্রানা হান্না
লংদবা থাংলেন্দু লৌখি
সন্দ্রেম্বীনা তপ্না কোন্না।
অচুম্বা পুণ্ডা লেপতুনা সন্দ্রেম্বীনা
অরানবা পুণ্ডা লেপতুনা চাইস্রানা
অণ্ডানবা অমম্বুং অমমবা অনিগী
মাযোক্লফমদা, নৈমা অনিহু
চায়না খোংফেমখি ।

## ৪৬

ময়া থোবা মানবা, থোদি থোদবা
সাথিবা মানবা, সাদি সাথিদবা
চাইশ্রাগী মথুংস্থ থাংলেনদো
অচুম্বা চাইশ্রাগী থাংলেনদো
সন্দ্রেম্বীগী মথুংস্থ লংদবা
ময়া পংবা মানবা, পংদি পংদবা
সাথিবা মান্দবা, সাদি সাথিবা
থোদবা মানবা অথোবা, থাংগী
ময়াদা মায়থিখি, মায়থিখি ।

৪৭

অমুক হন্মা লাইনিংথৌনা
সম্রেন্দ্রীগী নৌরবা ঙকসমদা
লৈমলিক্লাং সিবীরে, মথুংমক্তা
লৈমা ফিরোই কুপপিরে ।
মথাদা মচাব্ অমুক হন্মা
কোনবা ফংজরবী লৈমদো
অমুক হন্মা লাইনিংথৌনা
সমু ওইরম থানা ফমদেংহল্লে ।
কংলৈপুংগী ফন্নাংমৈদা
লৈমা নিংথৌ অনিনা
অমুক হন্মা ঙাল্লম্রে
দে ।

## ৱারোই

হনজীন হনজীন মোংফমদগী
হৌগৎলক্ হনজীন হনজিন লেপখি
সন্দ্রেম্বী, সন্দ্রেম্বী !
অদুগা চাইস্রা
মায়দ মায়থিরব্রনে নঙবু
লোয়দ লোয়থ্রব্রনে নঙবু
চাইস্রা চাইস্রা !

## থরাই মি কোনসিনবা




থরাই হামচৎনদবা
মিরেন হামফোইনদবা
থরাই নোংবুম অচংববু
কুরু খাদা কোনসিল্লমগে
হে থরাই মঙামক
মিগা থানা তরুকমক
থরাই নঙবু কোনগে লাও
রাকয়ে থলা কোল্লমগে
রাকয়ে হিন্নুংদা কারকলো।
থরাই ঐনা য়ারকলে
নৌরেন খুত্তা পাম্নহুনা
রাকয়ে হিগারকলে।
হি ও হিয়া
হি নঙবু হোন্দেদা
লাইনিংথৌবু হোনবনে
হি ও সমদে করেংঙা, করেঙা।
হি ও হিয়ো
হি নঙবু হোন্দেদা
লাইরেম্মাবু হোনবনে
হি ও সমদে তারেংঙা, তারেঙা।

লোয়রবা।

অইবাগী ফোংঙ্গবা লাইরিকশিং :

১— নোংগৌবী (সৈরেং)—১৯৮৪

২— অন্দ্রোগী মৈ (সৈরেং)—১৯৯১

৩— লৈতেং (বারি মচা)—১৯৯২